I am two fooles, I know,
For loving, and for saying so
In whining poetry;

*Donne*

# "ঐদি কবি নংচদে"

ঐগীদি লৈপুং ফম্বদা, ক্লাস্ লৈখোক্পদা ইমান্নবা, মরুপ্ মপাংময়ামন্না পানবা তানবা ইজথিবনি। অহুবু পাখিবা তাব্রবা ময়ামনা লাইরিক্ ওইনা পুথোকুসি হায়না অপাম্বা কোঙ্দোক্পীরক্পদগী মীয়াম্গী মমাঙ্দা মতীক্ চাত্রবসিংসি পুথোক্চরক্পনি। English কা মণিপুরীগগী খুৎই য়ান্সিনহুনা থম্জরম্বদগী তোভান্-.তাভান্ মরুপসিংগী অনিংবা মতুং ইন্না থাইদোক্চরে।

ঐনা মসি খুৎই ওইনা লৈরিৈডদা মরুপ্ মপাং, ইমান্নবা ইমান্নবীসিংগী মোত লৌজবদা, স্থংসিবদা ঙাকুতা ওইনা হ তাক্পীরকই। চুম্মী ঐহাক্ মতম্সিগী স্থংসিনবদা থাজনবা য়াংপা তাইব'সিদ' য়ামত্রবদা·অমগা অমগা থাজননা. স্থংসিননা পুননা হিংমিন্নবা পাম্জৈ। কনাগুম্বা/গুন্বীনা মসিগী লাইরিক মচাসি পারুরগা য়াখল্সিমকু থন্বীত্রবস্থ অসিগুম্বা পুনসি অমদি লৈ হায়্বসি নিঙ্সিংবিরবদি পুথোকুচবগী মহৈ য়াললে লৌত্তগে।

অমনা "তিংথং" হায়্রিবা খুৎইসিগী অয়োইবা পরেং মঙাসি শ্রি খুনত্রাকুপম ব্রজচান্দ সিংহনা ইবা ড্রামা 'তিংথং' হায়বা প্রিন্স ঠিএটরনা শাননজবদুদগীনি। মপুঙ্ ফানা ইথোকুচহনা ফোঙ্-দোক্চগে য়াবীরকুপগীদমক্ অইববু থাগৎচরি। খুৎইসিবু লাইরিক্ ওইনা পুথোক্চরক্পদা মতেং পীবিরক্পা ময়ামবুস্থ থাগৎচরি।

অরোইবা ওইনা ঐনা হায়্জনিঙ্বদি স্থপ্নতগী 'থাগৎ য়াহৈস্থ পাম্জদে, তাথী য়াহৈস্থ তাক্পীস্থ, লোইবা ফাওবদং পাবীয় ।'

সুভাস চন্দ্র

# থমোয়্ পান্দবৌ থরায়্

## মৈগী চৌং

এদি অতুম্বা মৈগী চাংনি
তংতনা থেংলক্কনু খাঙ্বা রারে
নোংমদি সোইদনা পোথায়্রক্কনি
হর্নজিন হন্জিন লেঙ্হন্বীরে।

অহদগী আসাবা লাভানা নথকুতা
পাকুলসনু গায়্না হৈজিল্লক্কনি
ওকুলে হায়্না চেল্শবসু
পোকলসনু হৈজিল্লকক্শবনি ঐদি।

ঐগী তুম্হনা লৈজবা থমোয়্সে
ইরাং হৌহল্লকক্নু কৈদোগে
নোংমদি থাঙ্বা রারবা থমোয়্না
নঙ্বু মুংসি হায়্জিল্লক্কনি।

নহাক্কী রাথল্দা চাকলক্পা, কুইরবনি রারক্পা
মুংসি ঈচেলদা তাউথরুসি, সান্নরুসি ইবানি।

April, 1978.

# নোংজুথা

নোংনা জম্ জম্ চুরি
মাস্থু পিরাং সিন্থরি
ঐগী রাবসে উবদা
অহাঙ্বা মাস্থু কপ্লকুলে।

করিগী কাইহোবীরম্মি অরেম্বদা
করিগী পীরম্লি আশা
অমংবা নোং নহাক্না
করিগী পাইদুনা চংথোক্খ্রি ?

নহাক্তবু ঙাইজবনা
ঙাইরকলি ইসাগী ইথোবু
অস্থুক্ কুইবস্থু ঙাইরক্লে
নিংথম্ উল্লেনস্থু খাঙ্লকুলে।

ঐগী রাবসি কোক্পীগে
অহাঙ্বন খল্লকুলে
মিৎলু পিরাং সিন্থনা
ঐগীদমক্ কপ্পীরি।

14-8-'78.

# ৱাকৎ

লাকুলো নিত্রা, পুত্রুনা চৎলো মাবু
থাপ্না য়াম্না লাপ্না পাক্লবা
অহাঙ্বা মঙ্লান্গী লম্দম্দা।
নৎত্রবদি লম্দম্ তাম্না লৈহৌৱবী
কায়্না মৈসা লাংলবী মাদি
করম্না মৈচাক্সি থাঙলম্গনি ?
নৌজৱিবীনি মাদি ৱাহন্বীগু
পাংগল্ সোল্লবী মুজানি
কায়্না মৈচাক্তগী কন্বীমু।
মুজাগী নিঙোল্কাত্নুদা
তৌবাঙ্ ফক্তা ওন্হনা
ৱানা মৈচাক্সি থাঙ্লম্নি,
অহিংনা তাংলৌ খেঙ্জিল্লক্
খোইনা হেন্নদুম্ ৱায়ম্লনি।
অচিক্পনা খোন্থাং য়ৈনা
তম্লম্গনি মুজা নাপ্পদা
কবিরৈ মখোঙ্গী ৱারী কয়া
পুথি মপান্ কবোক্লৈনা তাথিবা
থমোয়্ মৈচাক হেন্গৎহন্নবা।
থীন্থরমু নিত্রা চৎলে পল্লমু
কন্বীত্রবদি নহাক্না মাবু
ইকম্দা অমুক খোংদাৱরম্
মায়থীত্নুনা হল্লনি নহাক্।

# অহাঙ্বদা খোন্থাং

নঙ্গা কায়্নবদা ঐদি কপ্খিদে
কপ্লরোই ঐদি তেংথাররোই
ঐগী অরা তেংথাখোন্না
অহাঙ্বদা খোন্থাং বৈহল্লরোই ।

অচিক্পদা অহাঙ্বগা লোয়্নরা
নঙ্বু নিঙ্সিংজনা লেন্জবনা
ঐগী বাবা কোক্চগে
নঙ্বু কায়্না মৈচাকুসে ।

চাগনি থক্কনি লাঙ্খিনি ঐদি
হুংঙাইরগা হরাঙনা নোক্খিনি পেন্না
অহবু ঐদি কপ্লরোই
অরা খোন্জেন্না তেংথাররোই .
অহিংবা ঐসে অসিবা পাংথকনি
রস পুষ্পা মাঙনবীশ্র ঐগী ।

23-12-'78-

# ঙাইজবা

নোংমা নহাকুনা ইকম্দা লাক্খি
চঙ্সিল্লক্তুনা ইনাক্তা লেপ্খি
হায়রবস্তু খঙ্লে পুৱনিঙগী ৱাকম্
"ঐবু কয়াম্ কুইনা মৈচাক্সে থাঙ্খোগে ?"

খঙ্লে কুইরে থমোয় মৈচাক্সে
নহাক্তা নংত্তে এনস্থু থাঙ্লি
কেদৌঙৈনো ইবানি সক্থেংনখিবা
কবম্না ইবানি তাম্থোক্নখিবা।

অহাঙ্বা অতিয়াগী মকোয়্দা
থৱান মৈবা ওইবা লম্দম্দা
নহাক্তবু ঙাইজরি ঐদি
শইথোবত্রে পূন্বা তাইবংদদি।

লাক্লোনে নঙ্বু অহাঙবগী অচিক্পদা
"ঐবু কয়াম্ কুইনা ঙাইহুনা লৈখোগে ?"

15-1-'79.

# থক্লুরবদা ঙাওয়রবা নিশা

হুনিয়ানা মহাও খঙ্লুরবদা
মসিবু পেন্না থক্নরি
ঐসু মহাও তংলুরবদা
মসিবু খৌরাংনা থক্চরি।

নিশা, নিশানি নিশা
মাগী মিৎছুগী নিশা
করম্না নান্থোকপা ঙম্গনি
খঙ্জদবা মিৎতুগী লাংনি।

মিংকা মিংকা চানবৈদা
য়াতোন্ লংবা মিনোক্না চন্থিবা
থমোয়গী রাকম্ অয়োন্বা পাখোঙ্
খঙ্লে ঐবু সুংসি তাকপনি।

নহাক্কী মিংকী, নহাক্কী মিনোক্কী
নহাক্পু সুংসিবগী নিশা
নিশাছুগী মহাওনা চুরবদা
ঐবু অমুক্তা ভপ্থহল্লু।

28-1-'79

## "লম্মাংনবা"

লূপা মচুগী মঙালদা
থাবল্গী ওইদবা মচুদা
কয়াদা কজনা উরবা
মোংলবা মালেম্গী লৈমায়্সে ।

অকন্বনা অসোন্ববু ছুহ্ৎনা
মীনা মীবু চানরবদা
অমনা অমবু থাজননা
পূন্না হিংমিন্নবা ওইথোক্ত্রে ।

ঐগী নঙ্গীসু নংতে মাগীসু
কদায় ঐগী সরুক্ লৈয়ু ;
খোঙ্ ময়াম্, খুং ময়াম্, চীন্ ময়াম্
নাউরি, ঐগী ! ঐগী !! ঐগী সরুক্ !!!

কদোম্দনো লম্দম্তুবু মুংসি চান্ন-হিংমিন্নবা মকম্
ওইথোক্লরোইদ্রা মালেম্দা থাজননা পূন্না হিংমিন্নবা ! ?

13-2-'79.

## "মিনোক্তুগী ঈঙ্গিং অমা"

নোংমা নহাক্না ঙাথনা লেপনা
লোন্না ৱাংমদা চেপ্থনা য়েংলক্পা
থমোয়্গী ৱাফম্ মুংসিগী ঈঙ্গিংলা

ৱানা সাংনা থোরাংনা ঙাইরক্পা
পেনজরে ফংলে মুংসি নপাউ
থমোয়না পাম্জবা থমোয়্গী পাউখুম্

নকম্দা লাল্লুরবনা ইরান লঙ্জরুরে
থমোয়না ঙংতনা ইনসিল্লি চঙ্জো
অসেংবা মুংসিবদি অরান্বা য়াওদে

নহাক্কী মুপনগী মিংয়েং অমগী
ঐনা ফম্লি থোঙ্জিল অসিদা।
মোহোননা ঙসি ঈঙ্গিং অমথক্তংগী।

17-2-'79.

# ঐবু, ঐসিবু

ঐস্থ খঙ্নিঙ্লক্খি
ঐ, ঐসিবু, ঐ কনানো
ঐ ক'রিগীনো, ঐ কনাগীনো ?

খমোয়্না হংখিবা ব্রাহং
কোক্না হংখিবা ব্রাহং,
খোঙ্না, খুংনা,
মিংনা, নাকোংনা
কয়াংসিংনা হং'খবা ব্রাহং।

ঐস্থ খিখি,
খঙ্নিঙ্না হংখি
ঐবু ঐসিবু,
"কনানো, করিগীনো কনাগীনো ?"

খমোয়্না, কোক্না,
খোঙ্না, খুংনা,
মিংনা, নাকোংনা কয়াং পুম্নমক্না
ব্রানা চোক্থনা
খিখিবনি পাউখুম্রু।

পুম্নমক্পু অর'বা পীরবস্থু
কংখি:ত্রে ঐগী খঙ্নিঙ্বা পাউখুম্রু।

৪-৪-79.

# পুন্সিঁ

ঐনা নোংমা
তাইবংদা লাক্খি
ইতোম্‌তা-খোঙ্‌লোই মাওদনা।
হংঙা হংঙা
ঐনা কপ্‌খি
থমোয়্‌ পেন্‌না কপ্‌খি।
কনানম্ভ তাবীখিদে
ময়াম্‌না মীকপ্‌তু নম্‌থেক্‌না
ঐ লাক্পগী হয়াওনা নোক্খি।
ঐ কপ্‌খি, ঐ কপ্‌খি
মীকপ্‌ মীরাউখোন্‌গা লোয়ননা
ঐহাক্ চংপা হৌখিবনি।
ঐ চংখি, ঐ চংখি
খোঙ্‌চংতুগী অয়োইফাও
ঐহাক্ চংপা তাখিবনি।
ঐ হিংখি অহিংবদৌনা
চাখি, থক্খি, য়েংখি
( অমোংপসিংন্থ উথিবনি )
নোক্পফাওবা ঙম্‌থিবনি।
ঐ নোক্খি, ঐ নোক্খি
ওইদবা নম্‌থাক্‌সিং মরক্তা
ঐহাক্ নোক্পা তাখিবনি।
পুম্নমক্তু থঙ্‌না থঙ্‌না
ঐহাক্ ডাইবা তাখি
লম্‌বেলদগী অয়োইবহ্।

2-1-70.

# উখোঙ্ রাম্রি

উখোঙ্ উখোঙ্গী রাম্রি
থমোয়্ কোঙদোক্‌ন রাম্রি
ওইদবা পরেং কয়ানা
অচুম্বা সাবগী রাম্রি।

নহাবনা ঐগা লোয়্ননা
নোংমদু উখোঙ্দা লেপ্মিন্নৈ
মুংসি সরি রাসক্‌না
থমোয়্ কিসি কিনথি।

অহগী মভুং তাবনা
লৈথোক্‌খ্রিদ্রিঙৈ মহাক্ চঙ্সক্‌ই
থমোয়্গী রাকম্ শোদোক্‌না
নোকুন-হরাওমিন্‌না লৈহৌই।

থঙ্দে অহোংবা তাইবংনি
হোংখ্রবা মুংসিবসু কোঙগায়্নি।

March '79.

# "তিংখং"

নৈয়াং নংনা পোম্লিডৈদৈ
নৈয়াং নৈখোঙ্ সঙ্লক্পা
নঙ্বু সাংপা ওাইয়কুপা
অরেম্বদা তারত্রা— ?

মুজা নংনা নৌরিঙৈ
থমোয়্ রাফম্ কোঙ্হৌদবা
চিন্বাল্ নাতৈ কাঙ্কৌদবা
পাঙ্জদবা ইয়াল্লা— ?

নৈয়াং নৈনম্ থম্থ্রসু
নৈয়াং নৈনা খুইরসু
নৈয়াং নাচোম্ ওইজগে
ওইবীঃরাইদ্রা নৈন্নুংসি ?

চৌংলোন্ লান্না ব্লাকুপনি
কনামরনা হংবীদে কৈদোবগী লাক্পনো
হন্থিবদা কৈনোমদি পুথিনি
নাচোম্ পীপেরা পীয়ু · ··· · ···
········ নংত্রগা ·········· নংত্রগা তিংখং।

12 3 '79.

# মালংগী সাহুম্না কন্মন্ধিবনা

উপাল 'মতগী উনানি
লৈরাং 'মতগী লৈনানি
ঐগী মাগী মুন্ননা
মকম্ ইফম্ মুন্নরি।

মান্নবা উন দা উনাবা কন্
লৈনা'মদা 'মনা ফু
ঐগী মাগী মুন্ননরি।

উপাল্ 'মতগী উনাস্থু
লৈরাং 'মতগী লৈনাস্থু
লনাই রাখল্না লম্জিংলে।

হিংমিন্নর্খিস পুন্না অমুকুতং
ইসাগী ওইবা থাদোকুনা,
উপাল 'মতগী উনা'ন
লৈরাং 'মতগী লৈনানি
মালেম্ 'মতগী জিবনি
অমুকুতা পুন্না হিংমিন্নসি।

24 3 79.

# কোঙ্লিং কারবা য়োং

য়োংচাবীহূনা নোংমহূদা
মনাকৃতগী য়োংতুবু
থারয়োইদগুম্ চিংসিন্লুই।

অচুদগী অহাংবদা
হুন্জেকপীরবা য়োংতু
কোঙ্লিং কাবা হোরকথি।

কোঙ্লিং কারবা য়োংতু
মাগী মরাম্বক্ লেপ্থিবনি
য়োংচাবীনা হুন্জেকপীবনা।

12-3-'79.

অচুদগী কোঙ্লিং কুয়োম্না
য়োম্লবদা য়োংতু
অহোংবমা লাকথিবনি।

হৌজক কয়ারক কাউনবা
মনাক নকচথিবত্থ
য়োংচাবী খুদিং মফম্নি।

কোঙ্লিংবু চিংসিন্দবা
য়োংচাবী কাওবু
মুংসি হৈত অম্চংনি।

20 3 '79.

# লেপ্‌লি ঙাইরি মহাক্‌ লাক্‌পা

ঐ লম্‌কাংল লম্বীসিদা
কুইসিললকুলে লেপ্‌লহলিবা
কদোম্‌দনো লম্বেল্‌সিনা
করি মায়্‌কৈ পাংলিবা— ?

লম্বী অহু মাঙ্‌খিঙৈ
নহাক্‌ ঐহাক্‌ লাপথোক্‌নঙৈ
কঙাওননা লেল্‌লকুলি রাথল্‌সি
ওমচাক্‌ননা থঙ্‌লক্‌লি থমোয়্‌সি।

ফজরা ম'লেম্‌গী নৈকোন্‌নি
নিঙ্‌থীরা নৈরাং কোঙ্‌গায়্‌নি
অহাউবা হৈরাঙ্‌ খিবিক্‌নি
য়েংবদা অপেন্‌বা ঙাক্‌তনি।

লম্‌কাংল লম্বীদা ঐনা
মিৎ-না উইসিন্‌না ছুমীন্‌
লেপ্‌লি ঙাইরি লাক্‌পা
লম্‌জিংবীন মহাক্‌ অদো।

5 4 '79.

# মৈরিংগী মঙাল্

নিঙ্সিংলক্পা খুদিং
নঙ্গী ঐগী ৱারি,
পাংথুগী মপান্
তথৌৈগী লৈনম্ ।

লৈনম্না চুরবা পুন্সি
কজবা নিঙ্থীবা ঙাকৃতা,
য়েংকা ওইগা ফম্মিন্না
সানথিবা মুংসি ৱারি ।

নাতোন্ নাকৃচি চিংথংনা
লঙ্ননা নংন্না সুপংথিবা,
মুংসিনা লোক্থিবা মিনোক্
য়াতোন লংবা মিনোক্ ।

মিনোক্তুনা হংথিবা ৱাহং
খুম্থিবা পাউথুম্ লিসিং
থমোয়্গী ৱাকম্ কয়া
লোননা ঈঙ্গিং তোরকপা ।

হয়াওনা লেনথিবা পুন্সি
মমাঙ্ৈঙগী থোদোক কয়া,
হৌখ্রবা মতম্গী ৱারি
কাউওম্লবা ইরাং থবা ।

নিঙ্সিংবনা অৱা পীরবসু
হন্জিন হন্জিন্ চাকৃহল্লসু
অৱাবা অদু থাঙ্জরি
মৈচাকৃতা মুংঙাইবা ফংজরি ।

পুন্সিগী অৱা মুংঙাইদা
নঙ্বু অমুক্ নিঙ্সিংবদা
চোক্থরা থোঙ্থাংদা মৈরি
আশাগী মঙাল্ ওইরি ।

12 4 '79.

# মপোক্‌সিদা কাউওম্‌লোই

হোংবা নাইবা তাইবংদা
সিরগদা পুন্‌সিদা
পঙ্‌না হিংঙি তাইবংমী।

ঙরাংগী রাবস্থ কাউথোক্‌লে
ঙসিগী হিরম্‌স্থ খন্‌নিঙ্‌দে
হয়েংগী আশাদা হিংনরি।

কাউজন্‌ থীবা মীওইপোক্‌
সিবা কাউবা মিতম্‌বান্‌
হরাও পেন্‌না সান্নরি।

কাউজন্‌ থীবা মপোক্‌তা
নঙ্‌বু করম্‌ কাউসিবা
খঙ্‌বীদ'না খাজদে।

মমাঙ্‌দৈ মশমব্বু কৌহ্রনা
নঙ্‌বু অমুক্‌ নিঙ্‌সিংবনা
হুংঙাইবা চান্নম সক্‌চগে।

14-4-79.

## "ঐগী ইমি"

ঐনা চৎপা খুদিংগী
নঙ্না ইতুং ইল্লি ;
ঐনা লেপ্‌পে, নঙস্থু লেপ্‌পী
ঐনা কম্‌মে, নঙস্থু কম্‌মী ।

নঙ্না ঐগী ইমিনি
করম্‌না ইবানি খাননি ;
ইবানি কোক্ অমতনি
থরাম্ হক্‌চাং অমতনি ।

ঐনা নোক্‌ই নঙস্থু নোক্‌খি
পেন্‌না ইবানি হরাওখি ;
ঐনা নোক্‌পা নঙস্থু য়াওখি
ঐদি কপ্‌লে নঙ্ কৈদৌখি ।

স্থক্‌না মম্‌লবা কাহ্‌দা
লৈত্রা লৈতত্রা খঙ্‌দ্রবদা
মিৎ-না চেজেৎ উইসিন্‌না
থিরুবনি ফংলবা নঙ্‌বু ঐনা ।

অমম্‌বদা ইমি লৈত্রবদা
অঙানবদা ঐনা খোরক্‌পা ;
থমোয়্‌গী থৌরাংবা কোক্‌হন্‌নবা
নঙবু অমুক্ ফংজনবা ।

21-4-79.

# কায়্নরবদা

নঙ্দি চংখ্রে তাক্লম্দনা
ঈজিং অমা পীরম্দনা
থমোয়্ রাকম্ ফোঙ্লম্দনা
চংখ্রে নঙদি লম্দম্ তাম্না।

থাজবীগদবা নঙ্না থাজবীদবা
নুংসিজরুবা নঙ্না থওইবীদবা
ওইহৌরে ঐদি থমোয় লাইমন্
তৌরম্লে নঙ্না নুংসি লোনম্।

নঙনা নুংঙাইবদা ঐনা হরাওজবা
নঙ্না নিঙ্বা থুংবদা ঐনা পেন্জবা
নঙ্বু পাম্না নুংসিরুবা
থমোয়্ চাকুনা কায়্নবা।

কাউথোক্পদি ওইথোক্লোই মীওইপোক্তা।
নিঙ্সিংদব তরাইবা ওইদবনা
অহবু, ঐ তেংথাররোই
নঙবু অমুক রাহল্লরোই।

23-4-'79.

## "থাসিগী অহিংদা থাজ"

ওসি থাসিগী অহিংদা
করিগী মকোম্ ফারবা
থাজ নঙ্না ঐঙোন্দা
মৈচাক্ লীবা লাক্লিবা ?

নিঙ্সিংহল্লন্নু নোংনা অমুক্
হৌখ্রে' মতম্গী রাম্নিসিংদো,
রাহল্লবীরন্নু ঐবু অমুক্
কাউহল্লো কায়না মৈচাক্ অদো ।

অঙৌবা থাবল মঙাল্দা
ঐনা হরাও তম্নাম্বা,
করম্বা মতম্ লাক্পদা
ঐবু অমুক নোক্সিবা ।

ঙাওরে ঐদি ঙাওরে
মুংসি নঙ্গী রাথল্দা
থিরে ঐনা থিরে
থাজ নঙবু থাসিদা ।

27-4-79.
1500 hrs.

# থঙ্‌নুদনা ঐনা লৌনমখি

হুমিং লৈরিঙৈ তান্‌জাদা
নঙ্‌না লৈরাং ওই সাংখি
হুমিদাং থাজ থোক্‌পদা
নঙ্‌না থরান্‌ ওই ঙান্‌খি।

রাকুচিং থাদা ঐনা লৌনমখি
লেঙ্‌ত্রবনি ঐগী হুংসিবা
লম্‌দা থাহুমুক্‌ য়োরকখি
হেন্‌গৎহন্‌খি নঙ্‌বু হুংসিবা।

লাক্লে থাম্বা ঙম্‌দনা
লাংবন্‌থা অমুক্‌ য়োরক্‌লে
পাম্‌জদ' লাক্‌পা কুমসিনা
লৈনা পুম্বা কেল্‌হল্লে।

লৈনা পুম্বা কেনথ্রস্ত
অরাওবা কোরৌ ঙাল্লস্ত
নঙ্‌বু হুংসিবা হেল্‌হনজ্রস্ত
হুংসিবা ময়েক লাহল্লে।

27/4 '79,
2000 hrs,

# তাংজবী লৈরাং-ও

তাংজবী জাংতা পোকুলবী
লৈস্না নঙ্দি লৈহুংসি
লৈরাং লৈসাং তম্নফম্
পাম্জনা সগাই ওইজনিঙ্বা
লাইবক্ থীবনা ওইথোক্লে।
অহুবু পাম্জরবা ওইবনা
লৈরাং নঙগীদমক্তা
সগাই মাদা পুন্জবা
অকংবা পয়া অতংপা
ওইহন্বীয়ু হায়জবা
মতুমকুস্থু ওইহনদ্রে।
ননাকুতা চঙ্জফম্ ফংত্রবদা
থাগি নুংসিং নামবা
মালংবা মানা ছুম্বদা
লৈরাং নঙ্গী লৈনান।
সিঙেল্ থেকুক থেক্
লৈরাং নোগ নো
হরাওনা সাজবা অগোইবু
য়েংলগা থমোয়্ পেন্জগে।
উহনবীত্র' ওইবনা
মালংনা ইচিক্ ছন্বদা
অহিং তাংলো থেঙ্বদা
লোন্‌ন পুরকপা লৈনমত্রু
তাজবদদি ফংহল্লু।

27-4-'79.

# করি হেন্‌না হায়খোগে

হংলক্কনু করি থল্‌লিবা
হায়ত্রবনু থঙলো থমোয়্‌রা,
থমোয়্‌নুংগী রাফম্‌বু
চিন্‌বান্‌না করম্‌ ফোঙ্‌সিবা ?

অমুম্‌না অমুম্‌ লেল্‌লত্রা
থমোয়্‌ চৈনা থাঙ্‌লগা,
তরাম্‌না ওক্‌লোইদৌ ওইরদা
করিগী অহুম্‌ হংলিবা ?

ঐবু অমুক্‌ ওৎলনু
কনা থঙ্‌দা ইদোম্‌ তুমিন্‌
ফোঙ্‌দোক্‌ত্রনু ইদোম্‌ তুমিন্‌
নুংসিজগে নঙ্‌বু ইদোম্‌ তুমিন্‌ ।

হংলক্কনু অমুক নঙ্‌বু নুংসিত্রা
থুম্‌দ্রবনু থঙ্‌লবা পাউখুম্‌দু কাউরব্রা ।?

1-5-79.

# তখেলৈগী লৈনম্

নাচোম্ লৈরাং তখেলৈ
তখেলৈ লৈনম্দা ঙাওজরুই
নোংমা সিংথম্থাই অমুক্তা।

কঙাওনরবা রাথলনা
পাম্জরবা থমোয়্না
তখেলৈ লৈনম্বু থিজরুই।

থেংনজরে নুংসিবা লৈনম্
নাচোম্ লৈরাং তখেলৈ
নুংসি নাপ্পদা লৈতেংলম্লে।

নাচোম্ লৈরাং তখেলৈ
লৈরাং মাবু ছুন্জেকপীরে
পাম্জবা ঐরদি পীবীদরে।

অপাম্ কাদ রাইথুংনদা
নুংসি কাদ য়োঙম্দনা
মালেম্ থকুত খোঙ্গাওনরে।

12-8-'79.

# "থমোয়্ পান্দবী থবায়্"

"হে ধ্রুব নহাক্না নকম্দা লেঙ্দনা লৈবগুম
ঐবুস্থু মনাকৃতা লেঙ্দনা লৈহন্বীয়ু।"

ঐগী ধ্রুব তরানা লৈফম্ হোংখ্রবদা
পঙলবা থমোয়্ মাদি য়াজয়ে
থমোয়্ পান্দবী থবায়্বু থাজরুবদা
থাজরুবা ঐতনা লাল্লম্লে।
ঋষি তরেৎনা থৌগল্ তৌবা
হে ধ্রুব নহ্না, করিগী লৈফম্ হোংলিবা ?

ঐগী অচম্বা হুংসিবনা
কদায়্দা করি কায়্রুববা
করি লান্থিবা য়াওরুদ্রুনা
ঐবু করিগী থাজবীদ্রিবা ?

ধ্রুব তরানা লৈফম্ হোংখ্রবদা
ঐগী থমোয়্না কপচরক্লবদা
নঙ্ নংতনা ঐগী কনাস্থু লৈতে।

# পুন্সিগী চেক্সিল্হৌত্রবা মিকুপ্ অমদা

লোংম নঙ্গী মিনোক অমনা
রাহৈ অমনা ঈঙ্গিং অমনা
ঐখু পুম্নুম্ শুম্হংথি।

ঐগী পুন্সি ইতিহাস্কী
চেক্সিল্হৌত্রবা মিকুপ্ অমদা
নকম্লা অপুম্বা সিন্নথি।

থমোয়্গী অরোন্বা রাকম্
কয়াদুগা লোয়্ননা হেননা
ঐগী থমোয়্দু পীথোক্থি।

ঙসিদি থঙ্লবলে ইতোম্তা
ঐগী পুন্সি ইতিহাস্তা
নোংমদুগী মিকুপ্সিংদু য়াওরম্লোইদবনি।

চেক্সিল্হৌত্রবা পুন্সিগী মিকুপ্তু
ঐগী ইতিহাস্তা য়াওরম্ত্রবদা
অসুক রানা লেল্লম্লোই।

12. 5. 79.

# মিংসিনা মিতারুবনা

পুন্‌সিদা··············
নঙগা ফংনবদা
ঐগী থমোয়্
মুঙসিবা সকখঙ্খি ।
পুন্‌সিদা ··············
নঙ্গা ফংনরম্ব্রবা
ঐগী থমোয়্
মুংসি সক্‌খঙলম্‌লোই ।
পুন্‌সিদা ·········· ···
নঙবু মুংসিরম্ব্রবা
ঐগী থমোয়্
কায়ন মৈসা লাংলম্‌লোই ।
নিঙ্‌জরুদবা কনানা
নিঙ্‌বা কায়্‌বা হৌনগে
মুংসিজরুবা ঐনা
পাম্‌জরুবনা লানবনি ।
মুমিংনা মুংসা সাজরম্ম
মৈসাদি মালেম্‌না খাঙ্‌বগুম্
মিংসিনা মিতারুবনা
থমোয়্ মৈসা লাংলেদো । 15-5-79

ঙসিতদা থঙ্‌লকই
মিংসিনা মিতাজরম্ব্রবদি
ফংলরোই থঙ্‌লবী নঙবু
পাম্‌না মুংসিজরম্‌লোই ।

# "নোংলাউ ঈশৈ"

নোং-ও চুথরো
লাংজি' মতোন্ থুম্‌হৎলো
হন্নবী হন্নবা তাউথরো—

হা-কার্ লাউনরে মালেম্‌সে
পুম্‌নমক্ ঈখোলাং মৈচাক্‌নরে
অকংবা নাপী সৌংবী
লৈক্রেক্ চৎলবা লৌখোং তুখোং
পুম্‌নমক্ চোক্‌থরে খৌরাংলে।

লৈকংলাদমক্‌সু, লাইজ মাবু মফংনৈ
ক'রিগী অসংবা তম্‌পাক্‌তা
লাইজ নঙবু ফংদবা—?
নোং-ও চুথরো
পাৎসোয় মুরাবী তাউথরো—
অমংবা লৈচিল্ ওই অতিয়াদা
সক্ উৎলগা তোক্‌পীমু
মালেম্ লৈকোয় পুঙ্‌সিদা
লাইজ ওইনা খিক্‌পীরো
ঈখোলাংবা কোক্‌হল্‌লো।
মুজা ওইবী নহাক্‌পু
ইনেম্ মচা পামমুবী
মুংসি কোলোয় সেংবীরো
চীন্‌বা'ন্ নাতৈ কাঙ্‌দুনা
থমোয় য়াম্বা ফোঙ্‌বীরো
ঈখোলাংবা কোক্‌পীরো
ইকাদা খোঙ্‌দোই হুল্‌লক্‌লো—।

20-5-'79.

# উফুল্ লকৃতা নাচোম্

মাগংবা নওনা হুম্বদা
চেক্সিল্হৌব্রবা মুজাগী
সাইনোন্ সম্লাঙ্ খোম্গংলে

সম্লাঙ্দু চাইথোক্পীবদা
নাপ্পদা ওানুজবী নাচোম্
তখেলৈ লৈরাংগী নাচোম্

নাচোম্ মাবু হুনংজক্পী
লৈমায় থকৃতা থাদনা
উফুল লকৃতা চাইথোক্লে।

মুজানা পাম্না সেম্থিবী
মুংসিনা লুনা তৌজবী
নাচোম্ মাদি তাহৌরে।

কপ্না কপ্না চৎখরে
চাক্না চাক্না কায়্নরে
পাম্দা পাম্দা সেৎনরে।

তাহনা লৈরে নাচোম্—মা
উফুল্ লকৃতৈ নাচোম্ ঐ
কনানা খুন্গংপীগনি ?

1-6-'79.

## "থমোয়্না থাজদে"

সুপ্নতপী অমুক্তমক
অমুক্তমক নোকউ
অদু ওইরবদি,
নহাক্ সুংঙাইরি থাজরগে

নহাক্না নোক্খি
ঐবু থাজনবা নোক্খি
থমোয়্না থাজরবসু
চিন্বান্দদি নোক্সিন্নখি

মিংলুদি পীরাং চেন্না
মায়্থোঙ্ ইমক মক্না
থমোয়্না য়ানিঙ্দনা
নহাক্না নোকুখি

ওইদবা মিনোক্ অমা
নহাক্না নোক্খি
ঐনা থাজনবা
নহাক্না নোক্খি

নহাক্তি নোক্খি
ঐদি থাজদে
নহাক্না সুংঙাইরি হায়বদো
ঐদি থাজদে।

27-6-79.

## "নঙুংলাংগী নোক্লি ঐ"

নহাক্না ঐবু
নোকৃউ হায়্খি
ঐ নোক্খি

নহাক্না ঐনা হরাউবা
য়েংনিঙ্ই হায়্খি
ঐ হরাউখি

ঙসিসু ঐ নোক্লি
হায়্দোক্খিবা রা ঙাক্লি
অদুবু নঙ্না রারবদা
ঐনা করম্ সুংঙাইবা,

ঙসি অসুক্ রারবদা
ঐবু করম্ সুংঙাইসিগে
কনানা উবীনবনো — ?

"অমথক্তংনি"

নঙ্—অমা
ঐ—অমা
নঙ্ ঐ
অমা—অমা
অমা অমা—অমা।

নঙ্ চংখি
ঐ লৈহৌই
নঙ্—ঐ
অমা চংখি
নঙ্—ঐ
অমা লৈহৌই।

থমোঙ্ অনি
হকচাং অনি
মাথল্ অনি
অহিংবা অনিগী
পুন্সি অনি;
অনি অনি অমা
অমা অমা—অমা
অমা
অনিনা অমা
থাইদোক্নমরোইদবা অমা।

June '79.

19499